*Shabee Lau Lau*

A Collection of Manipuri Poems, written by

**SHASHI KUMAR, YUREMBAM**
Yurembam -795 113





| | |
|---|---|
| অহানবা থোকপা | মাচ, ১৯৯৬ |
| অফোংবা | পি, পি, সোসাইটিগী মাইকৈগী মংলেপ্পা খুমনচা |
| কোপী মশিং | চামচা |
| মফম | অফোংবগী খুম, পি, পি, সোসাইটিগী ওফিস |
| মখুম শেকপা | বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম |
| মংফম থোকপা | অফোংবা, পি, পি, সোসাইটি |
| নমফম | থোঙাম ছেবা প্রেস, তাকয়েল ✆ ২২৬৪২৬ |

মমল

## পিঃ পিঃ সোসাইটিগী মাইকৈদগী

প্রোগ্রেসিভ পব্লিকেসন সোসাইটি, হান্না ড্রামাগী লুপ ওইনা লৈরম্বা
জিষ্টরদ সোসাইটি অমদগী তাং ২৬ । ৯ । ৯৫ ইং, দা নৌনা মমিং ওন্দুনা
সিগী রেজিষ্টর নম্বর ১৫৮৪/অসঃ আরঃ অফ ১৯৭৫ ওইরকখিবা অমনি ।
াহিত্য, কলা, সংস্কৃতিবু মুংশিজবা কয়ানা পূনশীল্লগা শেমজবনি ।
হৌরম কয়াদা ইবা মনিপুরী লাইরিকশিং থনগত্তুনা ফোংদোকপা,
তে লোনগী থনগৎলবা লাইরিকশিং মনিপুরী লোন্দা অহুগা লোনসিগীনা
রাজী, হিন্দিনচিংবা অতৈ লোনশিংদা হন্দোক্লুনা ফোংবা, সাহিত্য
া, সংস্কৃতি সমালোচনাগী হৌরমশিংদা নৈনবা, হেন্না পুখৎনবা হোৎনবা
নিপুরী অমসুং মপানগী শক্লাইরবা অইবা কয়াগী পুন্সি অমসুং থবক নৈনবা
ফমশিং শীনবনা মপুং ওইবা পান্দমনি । হৌখিবা ১৯৯৫ আগষ্ট থাদগী
থোবশিংদা অনৌবা মিৎয়েং' হায়না মিংথোনবা হৌরমসিদা খন্ন-
নবগী থৌরম অমদগী সোসাইটিগী থবক চৎখবা হৌরকখি । মসিদগী
খুদিংগী অথোইবা কবি কয়াবু নীংশীংদুনা মখোয়গী পুন্সি অমসুং
ক নৈনবা, ৱারী মচা, শৈরেং পাথোকপা, সাহিত্যগী হৌরম কয়াদা
নবা মীফমশিং থা খুদিংগী লেপ্তুনা মেম্বরশিংগী য়ুমশিংদা মথং মথং
ংথোক্লুনা লাক্লি ।

লাইরিক ফোংবা পান্দমসিগী অহানবা ওইনা সোসাইটিগী অচংবা
ম্বর শশীকুমার য়ুরেম্বমগী শৈরেং লাইরিক 'শাবী লাউ লাউ' হায়বসি
থোকচরি । শশীকুমার মনিপুরী সাহিত্যদা ড্রামা, উপন্যাস, শৈরেংগী
াইরিক খুদোল তমথ্রবা, তম্লিবা অইবনি । লাইরিক ফোংবদা থরায়
ওরিবা অইবগী লাইরিক অসিবু সোসাইটিনা খাইগী মফমদা শিন্নজবা
সিমক থোইদোক্না মুংঙাইজবা পোকচৈ । মথংদা অইবশিংদগী খোম-
নবা শৈরেং অমসুং ৱারীমচাগী লাইরিক অনী পুথোক্লবা হোৎনজরি ।
মা শশীকুমারগী 'শাবী লাউ লাউ' হায়বা শৈরেং লাইরিকসিগা
ায়ননা প্রোগ্রেসিভ পব্লিকেসন সোসাইটিবু পুন্নমক্না মাঙদা শক্লাকচরি ।

**এলঃ ইবোমচা**
সেক্রেটরি
পিঃ পিঃ সোসাইটি

২১ । ২ । ৯৬ ইং

# শৈরেং পান্দ্রবঁদা

শৈরেং ইবগী হৈনবীসি অঙাং ওইরিবঁদগী খর খন্না ইরকই, মতুমদা অইবা হায়বা মশক থোকপা মীশক অমদি নংচদে। হায়স্কুলগী পুন্সিদা শৈরেং ২০/৩০ রোম মেগাজিন্দা হাপলকই ইশানা ইজবা শৈরেং কয়াস্তু রিসাইতেসনদা থিজরকই, ১৯৬০ দগী ১৯৭০ ফাওবদা শৈরেং ১১০ রোম ইখি, মনা কয়াস্তু ফংলকই। মনা ফংবতুনা মুংঙাইবা ইনোং অমদি অঙাং ওইরিবঁদগী ফাওরকই। ঙসিস্তু অঙনবা মতমগী শৈরেং-শিংতুদগী খর থেংচিনজৈ ১৯৭৫ দা "ইম্ফাল সহর" শৈরেং লাইরিক ফোংবদস্তু ৩/৪ থেংচিনজৈ।

সাহিত্যবু মুংশিজবনি, মী কনা তাহন উহন্দা, ফোংদোকচনবগী লোনগী পুককৈদি লৈজদে ঐগী ইশাদা চুন্না মুংশিজবতুনি। ঙসিগী থোদোক রাথোক, অচুম্বা, লাইরবা খুনাই, হিংবগী মমল মাংশিল্লক্লবা, অচুম্ববু অরানবশিংনা নোংম নোংমগী নমথরক্লবা, মতমসিদা থম্মোইদা ফাওরকপা ইমিংনা উজবা ইশানা তাজবা মপাউ খরদং পেনদবগী রাকং খর য়াম্না চন্না মীয়াম মাংদা খুদোনজবনি, মতাংসিদা "প্রোগ্রেসিভ পব্লিকেসন সোসাইটি" ইম্ফালগী মাইকৈদগী ঐগী শৈরেং লাইরিকসি ফোংদোক্লবগী খুদোংচাবা ফংজবসিমক প্রোগ্রেসিভ পব্লিকেসন সোসাইটিগী মফমদা অচোবা শিঙমলরোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে। শৈরেং লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা মথুমগী লাই য়েকপীরিবা বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী মফমদা তৌবীমল খংবস্তু উৎচরি। অদুগা খোজাল হৈবা প্রেসকী প্রোপ্রাইটর লাইশ্রম জিলানা অচোবা থোদাং খর পীবিবগীদমক্তস্তু ইকাই খুমনজরি।

অরোইবদা শৈরেং লাইরিক অসিগী প্রূপকী অচোবা ভার লৌবীতুনা অতোনবা মতম অমগী মনুংদা বানানগী অমদি অতৈ অতৈ কয়াদা মতেং পাংবীরীবা ঐগী ইনাও তোংব্রম নিংথোরেন সিংহ নহা ওইরিবা ইনাওগী মফমদা ঐগী পুন্সিদা শিংবা ঙমলরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

শশীকুমার

## শৈরেং লাইরিকসিদা

* * *

## খোঙ্থাং

কাজিনবা ঙমলোই কনানসু ঙসিদি,
মীওইপোক্কী খোঙ্থাং তাইবংগী মপাউ;
হোংখিবা য়াই, শক্তমদি মপাম্থোংগী,
মাঙখিবা য়াই তুম্না পুন্নমক ঙসিদি,
ঙম্মী ওম্থোকপসু মিংয়েংতুগী মন্নুংদা,
অৱা-নুংঙাইগী খোঙ্থাং।
খেন্নজরবসু অমগা অমগা,
চংখিনি তপ্না-তপ্না খোঙ্থাংতুদি,
য়ৈরুনি থম্মোইদা মীওইপোকশিংগী,
পীরুনি তপ্না-তপ্না অশেংবা খোঙ্থাং;
মাইকৈ শন্না পুখিনি মলয়া নুংশিংনা।
য়েল্লুসনু খোঙ্থাংদো মালেম থুংনা,
থোকলিবা খোৎদাক ৱাথোক মালেমসিগী;
শকউদবা নুংশিংনা, য়েল্লুসনু ঙসিদি,
করম্বা নিংথৌগী করম্বা শক্তিনা;
ঙমলবদি খোঙ্থাং থিংখিসনু।
থম্মোইদা য়ৈরুসনু মীওইপোকশিংগী,
মতমতুদা লারুনি, অনৌবা আশা,
তাশিন্নদ ঙমলোই মতমনা য়ৈরুনি।

১৫/৮/৯৫

* * *

## খবর পাউ

নুপী-মচা অমা,
নুপা-মচা অনিনা,
শরাক তম্গ্রে ঙরাং,
অচিকপা মতম ঙাইহুনা,
পাউদমলখি কপ্লা-কপ্লা ;
লৈবাক প্রজা সননা খঙনৈ ।
ইজ্জৎকী দাবীনী,
নুপা লাক্ষ অমা অনি,
কেশ-লেপনৈ, ৱায়েনশঙদা ;
তারিখ য়েথোকই মথং-মথং ।

২৬/১২/৯৫

❀ ❀

শাবী লাউ লাউ/২

## ইম্ফাল তুরেল

অহিং অমা।
নৈহৎপিরম্মী মখোয়না মনিং তম্মা,
শা ওল্লবা মী মরক্তগী;
ইম্ফাল তুরেলগী খোঙম্নুং অহাঙবদা,
অহিংতুগী অচিকপদা !
থাঙজখি, থরাইদদি হিংলবদি,
খোঙ্গেল খোকঙমদ্রবা থম্মোইনা,
খংহৌদা মিকুপ অমদা,
শমলাং পাইতুনা শরাক তম্মা,
হন্ন-হন্ন মনিং তম্মা,
নিংশিংহল্লী মাংলমচৎকী,
নিলম, তম্ফাগী পুন্সি বারী।
ইখেং কয়া কয়া তারকখি,
অয়ো ইমা ! ইমা !
তাবীখিদে অচিকপা অহিংতুদা,
শা ওল্লবা, মী মরক্তগী মখোয়না,
পুতুনা লাকপদো কার অমদা।
কনাসু উংহৌদে, কনাসু খঙহৌদে,
অচিকপা অমমবা অহিং নত্তনা;
ইম্ফাল তুরেলনা শাখিনি।

১/২/৯৫

* * *

শাবী লাউ লাউ/৩

## চাংয়েং

মীচম পরেং লেপহল্লী,
নোংমগী চরা তানবশিং,
বলিগী হামেং মীয়াম মমাং,
থোনা ফবা মগুণ লৈরবা;
মতিক চাবা খুৎলাই মখুৎতা,
কুচু মুবা হঙোই তাংশাং;
মতমগী খুৎলাই অনৌবা চাংয়েং।
চাং-য়েংই মথং-মথং লোইশিনখি।
উপায় লৈত, পীরাং পীরোইনা।
খঙনা উনা, খাঙমদা লোইখি,
লৈবাকসিগী আইননি আইন।
মীয়াম হুপ্পা উনখিবা খঙনখিবা,
চাংয়েংনি অনৌবা ১৯৯৫ গী,
মী মরক্তগী শা ওল্লবা মিহিংশা।
মপু নিংবা লোইলম শাসন,
থারকপনি মীচম পুন্সি ঙাক্নবা,
ৱারী নত্তে থোদোক্কি অশেংবা;
থোদোক নত্তে ৱাথোকনি।

৩/৭/৯৫



শাবী লাউ লাউ/৪

## মালহল্ল্

থাজকম লৈরিগদ্রা ?
খোঙগ্রাও শেৎতুনা চঙখি,
লোংগি শেৎতুনা হল্লকখি।
ঐখোয় লৈবাক্কী মচৎনি,
ফৈজোম শেৎতুনা মচৎখি,
পাইক্কমা শেৎতুনা থোক্‌রকই ।
মীশকতি হোংবা মরৈতে;
শকক্কম ওল্লগা মরাকই ।
তুপী উপ্পা মচৎখি,
মরু কোক্কা হল্লকই,
মুনি ঋষি শাহুনা;
কবিতা ইহুনা মচৎখি,
ত্রামা য়াওহুনা থোরকই ।
কল্পনা তৌনা মচৎখি।
পুং য়ৈহুনা থোরকই ।
মীশক হোংবা মরৈতে,
পুংলোন অমা, শাথেক অনি;
খোম্বাং অমা, পাউজেল অনি;
শঙ্গ তৌ, ধর্ম্ম লৈবা শাউ,
মী হাংলু, শাধ্‌ শাউ;
মতৌ মালহল্লু, অফাওবা ওইনি;
মন্ত্রি ওইনি, এৱার্ড ফংনি,
মীয়াম্মা ঙাংননি, তাশিন্নরুন্নু ।

৩/১/৯৫



## মী

থব্রাই কয়ানা থব্রাইগীদমক,
পুন্সি কয়ানা পুন্সিগীদমক,
মখুৎ তৎলবা, লমদমসিগীদমক,
উপায় থিরি, হিংনবগীদমক,
মীনা মীগী মফমদা,
মশাগী তোংশা পুথোক্লুনা,
মতম মতমগী অশিৎপাঃ
অব্রাবা চৈনা অকনবা,
খাঙলি হিংনবা, লম্বীসিদা,
হে মীওইবা করিগীনো ?
মীবু মীনা শুমলিবা,
শিবা ঙাইবা মীওইবনি ।
অকাও মপুং ফাদ্রিফাও,
তোংশা মচেৎ-মচেৎ,
য়োল্লি নুংঙাইবা পাম্বশিংদা,
নোক্লি ময়াম হরাওনা,
খাংলি পীরাংগা ইরোইনা,
পুন্সি কয়াবু থাক্লি,
অচিকপা মফম লম্বাং,
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবদা ।
ঐখোয় মী মশেলনি,
কাওরব্রা তাইবঙ মীওইবা ।

২৮/৯/৯৫

❋ ❋ ❋

## অমতনি ঐখোয়

মনিপুরনি ঐখোয়গী লৈবাক৹
চীং-তমনি, তুরেল কয়া চেনবনি৹
সনা লৈবাক্কি৹ হেন্না মুংশিবা৹
চাংমী-তম্মী৹ মৈতৈ-পাঙন৹
ময়াং-দেসবালী কয়ানি;
পুন্নমক ইচিল ইনাওনি, ঐখোয়গী৹
পোকপনি পুন্নমক ইমা অমতনা,
চান্ন-চিনগদবনি. ইচিল ইনাওনি৹
পুরক্কনি মতুনা অপুনবা শক্তম৹
ভৌমিন্নসি থবক. তিন্নতুনা পুন্নমক্কী,
মালেমদা থমলমসি৹ অরংবা মিংচৎ৹
মতুনা ওইনি৹ পোকলুবগী মহৈ,
ফংগনি তাইবঙদা মতুগী মুংঙাইবা;
কোক্কনি মালেমগী অৱাবা পুন্নমক্কী,
অপুনবগী খোল্লাও. অপুনবগী শক্তি৹
নিলহনসি মালেম; শিনবা থুংনা;
হিন্দু, মৈতৈ৹ জাতি বীজাতি৹
পুন্নমক অমতনি ঐখোয় মালেমসিদা

১৪/৫/৬১



শাবী লাউ লাউ/৭

## অচিকপা

অহিংগী অচিকপা থুগাইহ্নুনা,
তুমহনখিদে নিদ্রা দেবীনা;
খাঙখি রানা অহিংহুমা,
ফংজদা চাকচা মীহৌনা।
লোমনাইদা মাগী অপাম্বদা,
থোৎলবা হকচাং মীওইবৈ,
কল্লবা তোংশা মীওইবৈ,
চৈনা কয়ারক পীরহ্নুনা;
কয়ারক হন্না নৈহৎপিরি,
অহিংহুমা রানা খাঙখি।

১০/১০/৯৫

■ ■ ■

শাবী লাউ লাউ/৮

# পৃথিবী মতুম থুগাইরনি

হয়েংদগী পৃথিবী মতুম তাহল্লরোই,
করিগী ?
ঐখোয় তলব পীদবা, থা কয়া গুরে,
মতুম থুগাইনবা কর্ম্মচারিশিং,
লম্বী বন্দ, ওফিস বন্দ, চাবা বন্দ,
মন্ত্রিদা লুপা কংলুনি লাক্ষ তরা, কুন।
ঐখোয়না হাপখিবা মন্ত্রিদাঃ
পৃথিবী মতুম থুগাইরনি,
পৃথিবীদা ভারত য়াওররোই,
হয়েংদগী পৃথিবী মতুম তাহল্লরোই,
চেনথোক্লনি লোইনা ঐখোয়,
পৃথিবী মতুম মনুংদগী,
সরকারস্ কায়রনি মন্ত্রিস্ লৈররোই।
পূম্নমক চাওনিংবা ঙাক্তা ওইরনি,
চাওনিংলদি চাওবা কৌ;
পীক্লিংলদি পীশক কৌ,
শেমনিংবা শেম্বা ঙমলনি,
পৃথিবী মতুম থুগাইরনি,
করিগী ?
লুপা খরনা মতুম তাহনবা ঙমলোই,
অচৌবগী অচৌবা, অচৌবা।

৩০/১২/৯৫

* * *

শাবী লাউ লাউ/৯

## মতমগী শৈরেং

মশক মতৌ নিংথিনা চঙখোলবী,
মিস তাখিবী চহিসিদা;
মাগী তোঙানবা শকলোনগী;
ফজবগীদমক মনা ফংগ্রবী,
ঙসিদি ফি থোংত্রবা হকচাং :
মীপুম খুদিং উংনবগীদমক,
পুং অমা হয়েং
মফম, মপান কাংজৈবুং,
চহি ১৫দগী ৫০ ফাওবগী,
য়েংলবা য়ানী,
টিকেট মমল ১০০দগী ৫০০ ফাওবা,
মিনিট ১০ দগী হেনবা য়ারোই,
তিকেট ফংফম,

কংলা পার্ক—

১/১/৯৫



শাবী লাউ লাউ/১০

## শেংদোকচরি

কনা লৈজদ্রবী ঐহাকপু,
নোংমা হোৌত্বনা পুবী,
অরোইবা সিনেমা য়েংমীন্নবা,
চাওবা থোইবা ঐখোয় ।
নোংজুগী লেপ্ত নোংলক্তা,
য়েংমীন্নরুই তরজন ফিলম,
ফিলমদা হিরোনা তোইনা পায়,
হিরোইনগী ফি কুপ্ত হকচাং,
নোং থুপমীন্নে ঐখোয়,
অথেংবা অহিংত্তু, লম্বী নাকন্দা ।
মী তাদ্রবা অচিকপা থাংপোক,
তরজন ফিলম কুম্মিনৈ ঐখোয়,
ঐদি থম্মোই শেংবীনী,
অশেংবা তমজনী মীয়ামদা,
ফিলম নক্তে, থবকনী থবক,
ঙসিগী অচুম্বা পাম্বশিংনা,
মতিক থোকপা চৈরাক,
পীবীফম থোকপনি মখোয়বু,
অচুম্বা পাউদমনি পাউদম,
ঙসিগী মীয়ামা অচুম্বা লেপ্পীয়ু
শেংদোকচরি ! শেংদোকচরি !

১/২/৯৫



শাবী লাউ লাউ/১১

## শোকপ্রকাশ

ঙরাং খঙহৌদনা কাপথোকখিবা,
ঐগী মপু নিংবা সিফাই অমদগী,
এঃ কেঃ ৪৭ মরু খরনা,
লমদমসিগী শান্নরোই অমবু,
লমহুই ওইরবোই নীং,
কাপ্পনা হাৎলুরে ।
শান্নরোই ওইরমলে;
ঐ থম্মোই শোক্ক,
ইমুং-মচুং অরাবদা,
লুপা ১০০ তেংবাংজরি,
ইমুং মচুংগী অরাবসু,
শরুক তঙ্খায় য়াজরি,
থম্মোই শোক্কা নুংঙাইজদে,
নহাক্কী মন্ত্রি ।

২/১/৯৫



শাবী লাউ লাউ/১২

## যুগসিদা

ওজানা ওজাগী মথৌ তৌদ্রবা,
ছাত্রনা ছাত্রগী মথৌ কাওথোক্লবা।
রাজনীতিবালানা রাজনিতি তৌদ্রবা,
বাতমক ঙাঙবা ফবা।
মথুংতি ইয়াও য়াওদবা,
যুগসিদা —!
পোকলরে লাইবকথিবশিং,
ওফিসারনা ওফিস কানিংদ্রবা।,
সিফাইনা নোংমৈ পাইনিংদ্রবা,
পুলিসনা অচুম্বা তৌনিংদ্রবা।
প্রজানা মরা লৌবাদ্রবা ।
যুগসিদা —!
থুংলরে ঙসিদি ঐখোয়,
অফবা অমত্ত তৌনদে,
অচুম্বা অমত্ত ঙাওনদে;
ইঙাদা নোং তাদরে,
কালেনদা নুংশা শাদরে,
যুগসিদা —।
লাক্লরে ঙসিগী মীয়াম,
অইংবৈ চাং হেনগৎলে,
অশাবৈ চাং বাংখৎলে,
প্রকৃতিগী শক্তম হোংখরে,
মালেম শক্তম কায়রকলে,
যুগসিদা —।
জাতি জাতি পুনশিন্নরে,
শাগৈ শাগৈ চাওনিংলকলে,
অচম্বা মীশক লৈঙমদরে,

অমনা অমবু থাজনদরে,
পুকচেল শেংবা অপংবা,
মীয়ুংশি চাউবা লাইরবা,
যুগসিদা—।
দলান মথোল রাংখংলে,
চাকনি মশিং হেনগংলে,
চাওখং মমী উরকলে,
মীশি মীনা তোয়রক্লে,
অচৌবা মশেল হাংনরকলে;
মচা মখৈ লৈঙমদরে,
যুগসিদা—!
অরোল অফোও লৈরকতরে,
মচিন মনাও খাইরকতরে,
খুঙং সহর নাইরকলে,
অচুম অরাল লৈরকতরে,
যুকসিদা—!
ইকাই হঙোই নাইরকতরে,
মমা মচা খাইরকতরে;
মচি মরুম মাংশিলকলে,
থক থা মাংশিলকলে,
কদোমদনো লম্বীগে,
কদাইদনো ঐখোয়বু,
যুকসিদা—।

১২/১২/৯৫

* * *

শাবী লাউ লাউ/১৪

## ওইদ পান্নী

অচুম্বা পাম্বা কনানো ?
অচুম্বা তৌবা কনানো ?
অশেংবা চংপা কনানো ?
পুন্নমক খগুনা উনরবনি,
করিগী অমুক হংনরুনি,
ওফিসারনা মথৌ তৌনিংলবা,
পুলিসনা অশেংবা চংপীরবা,
মন্ত্রিনা অশেংবা উখোক্লবা,
লৈবাক ৱাথোক ওইররোই,
হুরাল মশিং লৈররোই।
লৈবাক শান্তি ফংলনি,
মন্ত্রি ওইনা লৈনিংলোই,
সিফাই ওইনা লৈররোই,
মীচম ঙাক্তা লৈরনি,
মতমমতুগী সুংঙাইবা,
অমুক লাক্লরোই।

৩/২/৯৫

* * *

## গলিগী হন্নিং

অহিং মুংথিল মুমিদাং,
অহুল মুপী অঙাং,
অচুম্বা অশেংবা অরানবাঃ
অরৈবা অয়োনবা অয়েংবাঃ
ফমনাইবা, চাক্লিবা, মীচম,
অপংবা অশিংবা, অচম্বাঃ
ঐ লোইনা খঙই;
ঐ লোইনা উই ।
অচুম্বা অমতা ঙাংনদে,
অরানবা অমতা ভৌনদে,
পুন্নমক ঙম্ন ঙন্নবনি,
ঐস্নু করিগুম্বদা খল্লকই,
নখোয়মুক শিংবা মীওইবা,
নখোয়মুক পংবা তাইবংমী,
নখোয় চাননবা পোৎতা,
ঐনা মহিক থমলম্মী,
খঙনা খঙনা উশিননদেঃ
করিগুম্বদা—
ঐগী মরি-মতা ইচা-ইশু কয়া,
নখোয়গী খুৎনা হাংতোকই ।
ঐ য়াম্না ৱানা খাঙই,
শাওরকই কালেন থা লাকপদাঃ
ঐবু থিনা ভৌবৈ,
কোলেরা মহিক শন্দোক্লনি ।
নখোয়গী এতোম অরেম্বনি,
কনাগী ভেকশিন কান্নরোই,
পীকই হায়ত্নুনা ঐবু,

শাবী লাউ লাউ/১৬

থোশাবীদে নখোয়না ঐবু,
কনাগী নোংমৈ;
কনাগী সিফাই,
লম হেন্দ হেল্লবদি,
কোলেরা ঐগী ইচা,
থাদোক্কনি লাম্বা তৌহনগনি,
ঐনা শোইদনা লাক্লগে,
নখোয়দা লিংজেল মান্নৌ ।
নচান্দা অমা,
থম্মোইদা অনি,
নখুৎনা অমা,
থবক্তা অমা;
নখোয় ঐবু থাজবা থম্মু ।
নখোয় লিংজেল উৎলু ;
কদাইদগী সিফাই,
কদাইদগী আইন,
ঐ লোইনা তৌগে,
নখোয়গী অপুনবা শক্তম থম্মু ।
ঐবু থাজবা ঢমহল্লু,
থম্মোই মককল্লু,
নখোনা উৎলু,
অচৌবা লাউ অফবা তৌ,
চীনগা খুৎকা মান্নৌ,
মান্নবগী শক্তম উৎলু,
নখোয়গী শক্তম থাজহল্লু,
নখোয় য়েংজনা লৈয়ু,
নোংমৈ বোম কাল্লরোই ।

শাশী লাউ লাউ/১৭

বোম মখোলনা না পঙগনি,
নোংমৈ মরুনা মীচম শোক্কনি।
মখোল থোক্তবা,
মনা মনিল নাইহন্দনা,
ঐ খুৎলাই থাগে,
নখোয়গী মান্নবা শক্তম উৎলু,
ঐঙোন্দা দরখাস্ত হো,
ঐগী লৈফম ইম্ফাল সহর গলি মনুং,
ঐগী ইমিং সহর ময়োল, লায়না মাকাল,
পিঃ ওঃ ইম্ফাল—।

৩১/১২/৯৫



শাবী লাউ লাউ/১৮

## মী তাহনবা য়াদে

ঐখোয়গী থবক মী তাহনবা য়াদে,
য়াম্না লোম্না চিক্না তানগদবনি,
মী তাখিনি ঐখোয়' অক্নবা থবকনি।
হয়েংদি লুপা লাক্ষ ১৫ পীগদৌরি,
করিগী ?
ঐখোয় কলেজ লৌশিননবা,
মী তাহনবা য়াদে,
মী তাহনবা য়াদ্রবদি,
কনানা লুপা পীগদৌরি ?
মন্ত্রিদা —।
কনাদা পীগদৌরি,
ঐনা পীনি।
নংদি মী নত্তরা ?
মন্ত্রিদি মী নত্তরা ?
মন্ত্রিবু কনানা মীনি হায়বগে,
মী তাহনবা য়াদে,
নবু ভাওব্রা ?
মন্ত্রিদি লাইনি লাই,
মীৎনা উবা লাই,
ও ! ও ! ও !
মন্ত্রি লাই ওনথ্রবোইরে।
নংনা লাইগী সেবারী।

৩০/১২/৯৫

* * *

শাবী লাউ লাউ/১৯

# ঐনা শিরগা

ঐনা হয়েং শিরগা,
কনা অমা কপ্লিন্নু,
ঐস্নু মীকপ পামজদে,
কপমীন্নরিঙৈ নখোয় ঐখোয়,
যমরাজগী মনাক্তা চংনবা,
গাড়ী মতম নাম্থোকখিনি,
পুন্নমক মীনম্বনি ।
ঐবু নুংশিবীরবদি,
ঐগী শোরাৎ পোপাং,
ঐ খঙনা হিংলিঙৈসিদা,
অঙম্বা মঙা তরা,
য়াম্খৈ চাম্বা-চনি,
পীগদবা পীবীরো ।
ঐবু নুংশিবা মশক খঙজগে,
নখোয়গী পোপাংনা,
ঐগী শৈরেং লাইরিক ফোঙজগে,
ঐ শিবগী ভল ভৌহনলোই,
চুরুপ কা ভৌহনলোই ।
হিংলিঙৈদা থক-চায়কদে,
পীবীগদবা পোপাং,
নুংশিবা মতৌ,
হিংলিঙৈদা উৎপীয়ু ।
হয়েং ঐ খঙনা চৎচখিগে,
নখোয় নখোয়গী মতৌ,
অফবা ফত্তবা পাউ,
মরিক চুম্না পারমগে,
নত্রবদি ঐনা নারদা শাত্নুনা,

শাবী লাউ লাউ/২০

নখোয়গী লম্বীদা,
বোমগী লাং থাকনি,
লম্বী খুরৌ থাংগনি,
চানবীবা মুংশিবীবা পূম্নমক,
ঐ হিংলিঙৈদা খঙনহৌসি।
ঐ শিবগীদমক রাবীনু,
মুংশিবা শাবা তৌবীনু,
অশি অচং রাফংনবা য়ারোই।
পাংবীগদবা পোপাং,
হিংলিঙৈসিদা খুৎশিন্নবীরো।
ঐগী শৈরেং লাইরিক্ত,
নখোয়গী নমিং ইন্নমগে,
ঐগী মরুপ মপাংনি,
লৈবাক মীয়ামদা লেন্নজগে।
হয়েং হৎচিৎ মশেম মরৌ,
মফম মরাং খঙপোৎতে,
থিনা ফজনা হায়নিংবা,
ঐ হিংলিঙৈদা ঙাংনহৌসি।
ঐনা হয়েং শিখ্রগা,
ঐগী তুংদা মঙাংনবা,
ওইদ পাদ ভাং কয়া,
ঐ যমরাজগী মনাক্তগী,
নখোয় নাক্তা লাক্লুনা,
রাফংনবা ঙমলোই।
ঐ লৈরিঙৈ চৈনিংবা কয়া,
হায়নিংবা কয়া হায়নহৌসি,
ওইদ পাদ পামজদে,
অচুম্বা মপাও তমনসি।

৪/৪/৯৫

■ ■ ■

শাবী লাউ লাউ/২১

অরেবা মনা

খোইহি চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা,
চীরোল তৌনবা ঙসিগী সমাজদা,
পাঙ্গল লৈতে, ইশাদা ইগুনবু থাগৎচনবা,
ইনাক খুন্দে, ঐগী ইরোল,
মতমগী ন্নুংশি ব্রাহৈবু ফোংদোকচনবা,
থম্মোইদদি ফাওরি মতমসিগী চৎনবী,
পামদে, চুম্মী লাল্লী মখঙই।
মীচং শঙ্গ লৈজদে ঐগীদমক,
খুৎ লিংবনা নিংথৌনি,
শঙ্গ তৌবনা তাম্রা পত্রনি যুগসিগী,
লাইবক থিবনি মীওইবা যুগসিদা,
শঙ্গবু লৈত্রবা, অচুম্বা চৎলবা,
মীরেমনি অঙাওবনি ঙসিদি,
ফোংদোকতবা অচুম্বা, মাঙখিনী অরেম্বদা,
পোকলবদি যুগসিদা মীওইবা,
অখাবা অয়াকপা অশীনবা,
তংত্রনা য়েংহনবা, হোৎ’তাই,
শঙ্গ তৌ, পৈশানা লৈয়ু,
হায়জৌ, নোনজৌ খুরুমজৌ,
লৈবাক মীয়ামদা মশক থোক্কনি,
মসি মতমগী চৎনবীনি,
চৎনবী য়াওদবা নংদি মীরেমনি।
৯/১০/৯৫



শাবী লাউ লাউ/২২

## দাবী

নৈবাক ওল্লে, কুচু ওল্লে,
য়েরুম ওল্লে মচা ওল্লে,
মচা চাউরে মপুং ফারে,
দাবী তৌরনি চরা হেল্লনি।
১১/১১/৯৫

❋ ❋ ❋

শাবী লাউ লাউ/২৩

## মৈকল পাউ

লম্বীনী লম্বী মীওইবগী লমথুংফম,
মাঙদসু সমুদ্রু, চৎতবদি য়াদে,
ঈপাকনী ঈপাক ইরোইবসু হৈজদে,
ঈথক ইরৈনা কনবনে, লানদবদি য়াদে।
হিংনবগী লম্বীনি লম্বী থিনরিবা,
থুং তংলবা শিন্মীনি শিন্মী,
হিংদবসু য়াদে চাদবসু ঙমলোই।
ঙসিসু মচৎখিনি হয়েংদি মরাক্কনি,
হিংবদদি হিংনিংই, উপায়দি কদাই,
খনজরোই অফবা, থিজরোই নুংঙাইবা,
পীদদি পীনবীয়ু মীওইপোক্কী শিস্থা।
নুংঙাইবসু পামজদে অৱাবসু থুংবীনু,
পাঙদ, পাঙজগে পুন্সিগী শিস্থা,
অৱামলতা ফংজগে অহেনবসু পামজদে।
শামু খোঙদ য়েৎ, খম্বা লাইরবা,
কল্লক খম্বলগী নোংবাল,
য়ুমথোং খুদিংনা মোইরাংগী,
পাঙ্গল থোক্লা ঈচঙ থৌনা,
ফোঙদোক ঙমদে অউ অতাশিংনা,
নুংশিবা মপাউখোল খম্বগী,
ফোঙদোকঙমদে খঙনা উনা কনাসু,
হিক্ল কনা খঙহন উহন্দ,
তৈথোক্লে পিরাংদো মিৎলুদগী,
থমনু কৌবী পোনজেনবী।
তাবদা নুংশি মপাউখোল,
নুংশিদ ঙমদে কনানা,
তৌগেতা ঙম্বা মতম মতমগী মোইরাংদা,

শাবী লাউ লাউ/২৪

শগোলনা চারগা,
পাঙজদ ইরোইদা মতাইনবা,
মাঙলমচংকী বাথোক থৌদোকশিং,
লাইগী বারী ওইরবোই নীং,
অতাবশিংনা থম্মোই খুত্থুম শুনা,
খোনজেনদি থোকতে মীকপখোল,
অউবনা পিথমনৈ থম্মোই নিক্লা,
মরাল য়াওদ্র মীচম কয়া কয়া,
খম্বদগী হেম্না শেংল চুমলবা,

কনাগী মকাদা য়েংলুদ্রবা,
শামু খোঙদ য়েংদৈ তৌঙম্বগী থৌদাং,
ঙসিদি নাকোং মেম্নৈ অচুম্বগী মপাউ,
লোনখোক্তা থম্মোই, অরা পোৎলুমনৈ,
মালেমসি কায়রনি, লৈবাকসে ওরনি,
কায়খ্রবদা মালেম, তুমখ্রবদা পৃথিবী,
মাঙখ্রবদা পুন্নমক মালেমসিদৈ,
কনানো মালেমগী মপু,
মঙমদ্রুগী হুংঙাইবা করিনো।
অদুদৈ······
মীচীক মীরাওখোল তাদ্রবদা,
অশেংবা অহিংগী ঈচিক হুনবা অচিকপা,
নিংশিংলক্কনি থৌদোকশিং মথং মথং,
পুংমদ্রবা থম্মোই, খাঙমদ্রবা পোৎলুম,
লাউরক্কনি খঙহৌদ, মালেম থুংনা,
থৈফম লৈত্রবা লম্বীনি,
থৈফম লৈত্রবা লম্বী।
১৪/৮/৯২

❊ ❊ ❊

# মৈরানবী

ঐদি হৈবোং মমুংগী তুমিৎনি৹
পোকলুবনা মী ওইনা মালেমসিদা৹
কুনশুবা চহিচাগী অরোইবা,
ঐখোয়গী লৈবাক কায়গদৌরিব্রা ?
জাতি বীজাতিগী পীকল ঈহৌদা,
অমনা অমদা তোংশিন্দুনা৹
অপণ্ডবা কয়া কয়াদি,
মৈরীলক্তা মৈরানবী ওইরেদো৹
মৈহৌরে মালেম মৈশা নংলে;
খুইথরবা মৈগী মৈশাদা৹
মৈরানবী ওইরে মৈরীলক্তা;
তাইবংগী মপাও খণ্ডবশিং,
উরবসু মৈরীলক্তা মৈরানবী;
উং ওইনা ওনখিবা তারব্রা ?
মৈকন পাওসু লাকখিদরে,
মৈরীথোক্লা চাকলে মচি-মচিদা,
খাম্বী মৈকনবা মতম ওইরেনে,
লাইজ ঈশিং লৈন লৈনা৹
করিগী মৈকনদ্রিবনো ?
জাতি তুম্না মুথৎকদৌরিব্রা ?
করিগী য়েংতুনা লৈরীবনো ?
থাম্বী মৈহৌরে লমদমসে,
থাম্বী মৈকন্নবৈ পাওজেলনি,
অউবসু উবীরো অতাবসু তাবীরো।
মালেম থুংনা শন্দোকখিদ্রিঙৈ,
লাইজ ঈশিংনা য়ামলিঙৈ।
তরু তশেং মুথৎশি,

শাবী লাউ লাউ/২৬

মৈচিৎ মৈখাক থমগুমসিং

উদবরা মীৎলাউবা,

তাদবরা নখোয়বু,

করি য়েংহনা মরৈবা,

করি তৌহনা মতোকপা ।

তাং ১/৬/৯৩

■ ■ ■

শাবী লাউ লাউ/২৭

## খোঙেল খোক্ত্রবা

মীনুংশি য়াওদ্রবা যুগসিগী হিংচাবৈ আইন,
কদাইদনো হরাওকম, কদোমদনো নুংঙাইফম,
চদংনরবা চাদবগী, নিংবা কায়রবা থম্মোই,
কুইরবা অরাবশিং ফোঙমদবদগী হিংচাবৈ আইন
কনানা শেম্বনো ? কনানা পুরকপনো, মালেমদা ?
উনা উনা তাঙহল্লে মিং;

তানা তানা মেনশিন্নরে নাকোংসে;
চংনা চংনা পুনশিনবীরে ইখোঙসে,
কদোমদগী লাকপনো ?
রানা খাঙবদা রারবা মীওইবা,
মমল য়াওদ্রবা হিংবগী মীওইবা,
তাদবরা অথোবা, উদবরা অশিংবা।
মীয়ামগী খোল্লাউ, মীয়ামগী মপাউ,
কনাগী য়াথংনো ?
মীওইপোক্কী জীব 'পুম্বা
মান্নজদ্রবস্থ অমগা অমগা শকচু,
খেংনজরবস্থ ফিজেং-চাকচা,
ঐখোয়-ইমা অমত্তগী মচানি,
করিগী অত্নক তাথিরী,
থঙদ্রবদি উদরে উদ্রবদি থঙদরে,
খঙদববু লৈবরা ? উদববু উবরা ?
খুনাইসিদা পোকপনি মীওইবা,
মালেমসিদ চাউবনি পুন্নমক,
কল্ল নংগী চৈগী চৈফুনা,
খুমহনবস্থ ঙমলোই, ঙাংহনবস্থ ওইররোই,
মিংকী পিস্থ শিস্থররোই,
য়েংজবস্থ ঙমলরোই, খোঙেল খোক্ত্রবদা,
লোম্নোকতবা কনাগী নুংশিবা গুর।
২৫/২/৯৫



শাবী লাউ লাউ/২৮

# শাবী লাউ লাউ

চহি চা কয়া কয়া,
মীনাই নাইথাং ওইহনা,
মিংলু পিরাং কংদনা,
থাঙলকখি কপ্প-কপ্পা;
সমুদ্র বাংমগী মঙাল,
অচৌ সহরগী ঈরাং,
তপ্প-তপ্পা শন্দোরকখি।
ওইরকখি, লৌশিং পুকৈ;
মীখা পোনবগী হৈনরকত্রবা,
অবা চৈথেং লোইলম সাসনগী,
লাকখি খঙহৌদ কদোমদগীনো?
গনতন্ত্রগী চংন-লোনচং খঙলকখি।
খুনাইসিগী লমজিং মৈরা,
লীরকখি খোঙ্গুল মৈত্রবাক্তা।
খঙলে উনরে ঙসিদি,
লম্বী চাওনা লৈরে ইমাঙদা,
অফবা খুনাই, অনৌবা লম্বী;
পৃথিবীনা খঙলে, লমদমসিগী,
জ্ঞান লৈরবশিং, লৌশিং চাউবশিং।
য়েথংপীরী, নৈহংপীরী, মালেমসিদৈ
মাঙহনখিনবা মরূ ফংনা।
মৈত্রবাকসিদগী কংলৈপাকসিদগী,
শকখঙনরকলে, পৃথিবীনা ঐখোয়বু,
লমদমসিগী নহারোল, থৌনা ফবসিং,
কল্লকনরে পাম্মুনরে,
থৌনা লিংজেল উংনরকলে,

খণ্ড উরবদা, পীথোকনিংদে পাম্মুরকই।
য়াইফ-মপাওনা নিল্লকই মালেমসিদৈ,
শুমত্থুনা থমখিনি থাদোকলোই খন্দুনা,
থিংবদা বারবা, কল্লবা মতমগী ঈচেল,
থাজিল্লকখি নাথৈত্থুনা ফাননবা,
ঐখোয়' নহারোল, লৌশিংগী মঙাল,
কনাগী হেরোইন, কনাগী লাম্মী,
মাঙহনখিবা য়াই, শুপ্নগী খর মখৈ।
ফত্ত লৌশিং, মহারাবনগী লাং,
পৃথিবী জয় তৌনবা থোরকলে রাবন,
ঙমখিবরা যুগতুগী অথোইবা,
মীয়াম্না কিনরবা যুগতুগী রাবন,
তপ্ন ঈংনা লাকখি ধর্ম্ম লৈবা রাম।
ঙসিদি মৈত্রবাক্কী ইমাশিং,
খুৎতা মৈরা পায়,
খ্বাংজেৎ মচি লাং,
মাঙখিগদবা মচাশিং থিরকলি;
"কদাইদনো ইচাশা, কদোমদনো নখোয়বু"।
চহি তরেৎ খুন্তাকঙৈ,
ডিসেম্বর ১২ গী থৌনা,
লোমনাইদ্রবা যুগ কয়াগী নিংথৌরেল,
থেংনখিবদো মৈত্রবাক্কী ইমাশিংনা;
কুইররোই উৎলরনি মত্থুগী থৌনা,
মালেমসিদা মীওইপোকনি ঐখোয়;
খোঞ্জেল থোকঙমদ্রবা মৈত্রবাকসিদা।
কুনগুবা চহিচাগী অরোইবা শরুক্কসিদা;
অস্তম্মক লোইশিল্লগদ্রা অস্তম্মক,
মুৎলমদাই থাউমৈগী মৈঙালগুম,

শাবী লাউ লাউ/৩০

তনিক তয়াং তশোইনরে,
কায়গদোরিব্রা, মুৎকদোরিব্রা ?
তান তানা উন উনা অস্থম্মক,
য়েংহুনা লৈথোক্লগদ্রা খঙশিন্নদনা,
খোঙগ্রাই চন. পান্থোম পায়,
তোংমিন্নবনি পুন্না হিরুবাক অমদা।
য়েংবগী মুংঙাইবা রাগদা,
কাওথোকলুরবস্থু মুংঙাইবা ইথক্লা,
নিংশিংবা মতম ওইদ্রিব্রা ?
তুসমন্ত সনাগী খুদোপ;
লানজদ্রবী শকুন্তলা,
বারী নত্তে থোদোকনি,
থোদোক নত্তে বাথোকনি।
খোঙগ্রাই শংলিডৈ কৈদোবা,
ঐখোয়গী পাওতাক ফজবা,
সাহিত্যগী লৈচল ওইহন্দুনা
ফজবগী মগুন শেমলিব্রা ?
শাবী লাউ লাউ
মাঙদ থারো লাও,
কন্নক খমবল য়াম্মী।
লেন্নতুনা মাঙদ থানা
পুরগেস্থু খল্লুন্নু,
লৈবাক মীয়ামগী খোল্লাউনা,
নখুং ইখুৎতগী মুনখিনি।
মুংঙাইবনা অরা খঙদবা,
থাদোকপা মতম য়ৌদ্রিব্রা ?
থারো থারো থাদোকলো,
পুন্দুনা পুরন্নু পুল্লন্নু;

মুংঙাইবনা অৱাব খঙদবা,
তোংমীম্নবনি হিমুং অমদা,
খল্বুবা মতম ওইদ্রিব্রা ?
খোঙকাপ অমা শোইবদা,
মালেম তুম্না মাঙখিনি ।
মিনিত কয়া চৎখ্রে,
পুংজা কয়া হৌখ্রে,
সেকেণ্ড অমনা তুমলনি,
মাঙখিনি তুমলনি উৱরোই ।
১/১/৯১



শাবী লাউ লাউ/৩২

## তিং তিং চাউহৌরো

ইমাগী তম্পাক্তা লৈরিঙৈ;
পলেমগী খোমলাং থকলিঙৈ,
চানিংবা চাহৌরো, থকনিংবা থকহৌরো,
নখাদা ননাও তাদ্রিঙৈ।
তিং তিং চাউহৌরো;
মীচম ওনদ্রিঙৈ, মন্ত্রি ওইরিঙৈ;
নোংমা শোইদনা মরাকথিনি,
পুংজা কায়না চংনদ্রি,
পুংশিং বাঙমা লানদ্রি,
হয়েং ইনুং ঙানদ্রিঙৈ,
নঙনা মন্ত্রি ওইরিঙৈ,
ননাই নশল ইল্লিঙৈ,
প্রজাই শক্তি পাইরিঙৈ
অনৌবা মপোক লাক্কনি
অমম অঙান শিন্নঙৈ
অরোন অথুপ লোইসনঙৈ,
হয়েং ইনুং ঙাল্লগা
অওনবা শক্তম লাক্কনি
নোংমা লাক্কনি নহাকসু
অহিং সুংথিল থাইরিদো
পৃথিবী খোংচৎ হোঙদরি
তাইবং লিচৎ কায়দরি
ওমর নত্তেদো পুন্সিদো
পুন্সি ওমর ফংলরোই।
তিং তিং চাউহৌরো॥
১৩/১/৯৫



শাবী লাউ লাউ/৩৩

## মীহাৎ পুংগী নিংথৌ

নিংথৌনি ঐদি ঙসিগী,
মীহাৎ পুংগী নিংথৌ,
লৈতে, মিনুংশি ঐঙোন্দা,
হৈনরকই, অঙাং ওইরিঙৈ,
ককচেংশিং পরেং পরেং চৎচবা,
ইখোঙসিনা হাৎতোকখি নৈহৎতুনা,
অমুক —
লুমতুনা হাৎখি মশা পানবা হয়িং শঙ্গু,
হৈনরকই অঙাং ওইরিঙৈদগী,
শা-ঙা জীব কয়া কয়া,
হাৎলকই মথং মথং ঐদি,
মিনুংশি লৈরকতে ঐদি,
মতুনা ওইরকই হৈনবী,
হাৎলকই মশীং থিঙমদনা,
হুই, ষণ, হামেং, য়ুমশা কয়া,
মীহাৎতুগী হৈনবী ঙসিদি,
নিশা ওইরকই মথং মথং,
হাৎহৌব্রবদি জীব অমা নোংমগী,
তুম্বা য়ারকতে, চাক্ষম খঙলকতে;
অশিবা জীব উহৌব্রবদি।
অতুনা —
ঙায়োনফমগী অচৌবা ঙাশিংনা
কাপ, কাপ ময়া কাতুনা
শায়োনফমগী শা কয়া কয়া
মতূপ মতূপ অথোবা থাঙনা
মতুনি ঐগী পামজবা
নোংমগী মীশি মীনা পাউ

লৈঙমদে, খাঙমদে তাদ্রবদি
লৈতে, ঐঙোন্দা মিন্নুংশিগী মিংয়েং
লৈবাকসিগী নিংথৌ হাপ্পীরে
নিংথৌ ঐগী ইনিংনি ঙসিদি
অন্থনা— ।
২/৮/৯৫



শাবী লাউ লাউ/৩৫

## তাং-পাং

কনানো — ?
ঙসিগী অচুম্বা পাম্বা থোরকলো,
পুন্না অমুক্তা চংমিন্নসি,
মতম কুইরে ঙাইরকপা,
হুয়েংমক উন্নসি কাংজৈপুংদা,
অচুম্বা পাম্বা শারন্নু,
থম্মোই শেংবা উংলন্নু,
থবক ওইনা ওম্হোকসি ।
লৈবাক প্রজা তুদোরে,
ওংলৈ-পারে য়াররোই,
তাং-পাং চংনররোই,
কংলা ৱাথোক লোইশিনসি ।
হয়েংমক পুং তরা তাবদা
সহীদ মীনর মখোংদা,
নখোয় ঐবু ঙাইরম্মু,
অচুম্বা পাম্বা নমথাক তৌরন্নু
নহান মথৈ লাম্বা থিরীবনি ।
ফমজাও পাইবা ৱাঙাং হৈবা,
মন্ত্রি পাম্বা চীনথীবা,
মিংচং পাম্বা পাঙদবা,
ৱাজাও থাদোকউ থবক্লা উংলসি,
টিকেন্দ্র, থঙ্গাল, পাউনা,
লাইরৈবাক্তা লৈঙমদরে,
নখোয়গী তাং-পাং খঙলবদা
যমরাজ অরোইবা য়াথং পীররে
থোরকলো হয়েংমক সহীদ মীনর মখোঙদা

শাবী লাউ লাউ/৩৬

নখোয়বু ঙাইরকপা
কুমজা কয়া লানগ্রে
নতাং তৌরন্নু
অপঙ অশিং খঙনরে,
ওইদ পাদ থাদোকউ,
কুইররোই ইম্ফাল তুম্মনি
নখোয় পুন্বা ইম্ফাল সহরদনি
মতমগী অনৌবা বম থুংলরে,
অরোইবা ন্নারনীংনি নখোয়গী
তাং-পাংকী লৌনম
অনৌবা ফিজং হাইদোকউ
হয়েং পুং তরা সহীদ মীনার,
শোইবা য়ারোই শোইদন;
শোইরবদি তুমলনি শোইদনা।
২/৩/৯৫



শাবী লাউ লাউ/৩৭

# ইরাং

শগোলবন্দ নোংমৈ কাপনৈ,
শিংজমৈদা বোম পোকখাই,
মোইরাংদা এমবুস তৌই।
শেকমাইদা য়ু ফায়,
মোরেদা, হেরোইন পুখোকই,
লমলাইদা সিফাইনা মীচম কাপই।
কাংচুপতা তোটি পোখাই,
থৌবান্দা থৌরি য়ান্দুনা শি,
তমেংলোংদা শা কাপই,
মোটবুংদা মোত লোই।
উখ্রুলদা খুন হৌরে,
সেনাপতি বন্দ তৌরে;
ইম্ফাল ইরাং লৈরে।
খ্বাইরম্বন্দদা ময়াং মাঙথ্রে
জিরিবামদা মীতৈ শিরে,
উখ্রুলদা নাগা হাৎনরে,
য়ু ঙাওবা ড্রাইভরনা,
ঈশিংদা গাড়ী থৌথরে।
অপিকপা সরক মচাদা
আর্মিনা গাড়ী কম্না থৌনরে
লৈবাক ইরাং থোক্লমালে
লমচৎ-নাইদ সিফাইদগী
শোইহ্নুনা মরু কাপথোকথ্রে,
মীচম খর শিখরে;
লৈবাক ইরাং থোকমনদে।
গাড়ী তয়ার পোখাইরে,
এমবুস ওইরবোই নীং,

নোং চুই ঈশিং য়াউদনা,
নোংমৈ মরুই নোংনি।
ঈগী ঈপাক ওইরে,
খুম্লক লৈরক খঙনদে।
অঙাং খর ছাত্রী চনি,
অহন নিফু শিরে,
নহারোল পুম্বা ফাবীরে
ইলেকত্রিক শোক তৌবীরে।
হোসপিটালদা দরখাস্ত থানরে।
হয়েং এক ১৪৪ চলাইরে,
লৈবাক ঈরাং লৈতে,
শান্তি লমদম লৈবাকনি,
ঐখোয় লৈবাক পাউনি।
১১/৯/৯২

❋ ❋ ❋

শাবী লাউ লাউ/৩৯

# অরোনবা

অরোনবা য়ারোংশঙগী বারীনি,
মীয়াম খঙনৈ, লৈবাকসিগী;
চংনবীনি লমদমসিগী ঐখোয়গী,
মীয়াম তিনখি কাংজৈপুংদা;
ফত্তবা ফানি লমদমসিগী,
করপসন থিংনি ঐখোয়।
হুরানবা ফাসি লমদমসিগী,
শেলজাবা দগি পীগদবনি,
মীওইবগী হক কনগদবনি।
অতা অউ হরাওনৈ,
মন্ত্রিনা কলেজ লৌশিননি;
ওজা ময়াম শেলখায়ননি,
মিনিষ্টরনা স্কুল লৌখৎনি।
ওজা ময়াম তুম্নদে
মন্ত্রি কাটর চন্নদে,
নুপী অঙাং পাংখোন্নে,
লুপা কৎনৈ, মন্ত্রিদা খুরুমনৈ
কনানো অঙম্বা লমদমসিগী,
লৈবাক শেমনি থোকখিবা,
ওজা হুমহুনা চাংয়েংলি,
অখাঙ কনবা, মরিল য়াওদ ওজাশিং,
লুপা পৈশানা মরিল ভাক্লনি।
মথং চহি লাকপদা,
ছাত্র মখৈ বাৱনি।
ওজাস্থ শেলতাল লম্বী পীবিরে,
য়ুনিভরসিটিনা তোঙান পথাপ শিনবীরে,
য়ুনিট টেস য়াওদবা লুপা ১০০-১০০

শাবী লাউ লাউ/৪০

অঙম অঙম তৌনবনি, মতমসিগী
লৈবাক শেমদৌনি, জাতি কনদৌনি,
ছাত্র পাস তৌহননি, ওজাগী শক্তিনি
ঐখোয়না শেমজবা, লৌলাগী নিংথৌ,
তাইবংগী যমরাজ মীৎনা উবা,
ঐখোয় শেলজাবা নত্তে,
লুপা লৌবনি, ছাত্র পাস তৌহননি
ওজা হাপ্পীনি, থবক পীনি,
কলেজ লৌখৎনি, স্কুল লৌশিলনি।
লোইপোৎ কারকউ, অথেনপোৎ থিংকউ,
মী তাহনবা য়াদে, খঙহনবা য়াদে,
কাংজেপুংদা মিতিং তৌ,
মাইক পাল্লু কুপ্পা খন্নৌ।
মন্ত্রিদি শেল চাদে হায়য়ু, অচুম্বা ঙাংগন্নু ওজা
য়াম্না লোম্ন, লুপা খাইনৌ, ঐঙোন্দা লাক্ষ লাক্ষ কৎলু
অরোনবনি অরোনবা মী তাহনবা য়াদবা
মী হেক তাখিবদা, নখোয়গা মরী লৈনদে
ঐ খঙদে, উদে, তৌদে।
২৪/১/৯৬



নুঙনা তেংথারকই

মালেমসিদৈ...... ।
কদাইদনো চৎখ্রগে,
লোকনুংহুগী ফজবা শক্তম,
লাকখি হুন্দোকলম মতমহুদা;
হরাও, তয়াম নোক্পা।
মীরমগী ফজরবা টাটানা,
থম্বীরম্মী মীয়াম তিনফম,
সহরগী নিল খোংল’ মফমদা।
মমিং লৈর-লৈরবগী মরক্তগী,
মতোমতা খনবনি করপসন্দা ঠিকাদার,
শেমথিবনি চেকশিন্না হৈনা লৈঙোইনা।
তোঙান তোঙানবা মথোল মথোল,
মতম খরগী তুংদা
থোনা লৈর-লৈরবা মরিল য়াওদবশিং
মথং মথং লাকই, মীওই হুমফু মাইকৈ শুরে,
মীশক শুরে, অচৌবা মচা অফ-ফত্ত;
হন্ন-হন্না ফম্মীন চামরক খন্নখি।
পুন্নমক ওইজনাম পুজনাম লৌজনামগী
অফোংবা কাগী অচৌবা মীফমদা,
খন্নখি ফজরবা, তাবদা মুংঙাইবশিং,
লাউনখি অঙকপা অকিবা বাহৈনা।
চিংথোকনখি নোংমৈ পায়বা নমথাক তৌবশিনা,
কনানা চাউরিবা, কনানা ওমলিবা, উশিংনদনা
শাউহুনা থোকখি মফমহুদগী।
ঙাঙনরকই অচিকপা কাগী, অথুবা মিৎয়েংদা
ওইজবা থিরকই কান্নবা তান্নকই,

উরেরোই থনথী তারেরোই থম্না
লৈরুবনা লন্দ্বীগী অচিকপদা,
খুর-খুরবা কাম্নুংদগী তারকখি
অচোবা ৱারী, অপিকপা ৱাখল,
লোম্না, চিক্না শাম্নখি ডাঙনখি,
ইমাঙমরুদা, উশিংতনা মখোয়
খাইদগী চাওবদগী খাইদগী পীকপশিংনি,
কাউথোকখি অপিকপবু, অচোবশিংনা
নিংশিংদমাক্লে মখোয়, অপিকপশিংসে,
নোংলিক কয়া কয়ানা অচোবা ঈপাক ওইরকখিবা
উফুল মকুপ মকুপ্না মালেম পৃথী শেমখিবা
মশক উদবা নুংশিং, খুরক হাংদ্রবা,
খাইদগী পীকপদগী খাইদগী চাউবা
অরোল অথুপ কদাইদনো
নিংশিং খুদিং অমাঙ-অতোঙ
থওই, লৈরী মফম খুদিংদা।
নুংনা শাবা অচোবা কাহুং।
৫/১০/৯৩



## কনাদা তাইনরুনি

ঙসিগী থোদোক মনিপুরগী,
মী কুংলবা সহরদা,
করপসন্দা শেমখিবা লম্বী।
অহল ওইরবা বোড়ি শোকলবা,
ফিটনেস পীরবা সরকারগী লোইশঙদগী,
লমশাং লাকপৈ রাররবা বস,
অচুম অরাল থিদনা,
পুলিসনা লুপা লোহৌরবা।
লম্বীদা মোটোর ভিহিকলনা লুপা লোহৌরবা
খোইশাওনরবা গাড়ী মপু,
রিক্সা অনি থৈফম লৈত্রবা লম্বীঃ
বস পার্কিং, ঙসিগী মনিপুর,
কোলাস শোক্ল খাম্মী বস।
ডাইভুনা লৈরম্বা শুনিংদবা ট্রফিক পুলিস
মতু শোনবা য়েংহুনা লুপা লোবা,
ইকাইবা নাইদ্রবা, খুৎতা লীচৈ মতেক পাই।
হায়নবা তৌদনা পুখি বসকী সিট অনি,
খোইদৌ থীৎলবা গাড়ী মপু,
তানজা মেনজা খঙদ্রবা
পোথাইরকখি মনিং তয়ার অনি থংন-থংননা।
মীয়াম কাইহুনা চেন্নৈ,
নেৎশিন্দুনা শিখি অহল অমা,
পুলিস গাড়ী কন্না থোরকই
রিক্সা ড্রাইভর ফুই, কনাদা তাইনরুনি।

৫/৮/৯৪



## শ্ৰীখোম্ব লৈবাক

ইকাইববু খঙদ্ৰবদি মতমসিদা,
মী মরক্তা মী ওইরনি
হায়জবু তন্দ্রবা নোনজববু হৈরবা
মচিনবু খর থিরবদি,
মীয়াম্মা কিনৈ ঙসিগী সমাজদা
মপুন্সিদা অমুক্তা য়াওরক্লবা
নোংমতা মপাও তাখিদ্রবা
ঙসিদি লৈবাক শেমলনি থোরকলি
সাইনটিসনা সাহিত্য তৌরনি
একাদমী এৱার্ড লৈরনি।
সাহিত্যকাৱনা এতোম শারনি,
নিউক্লিয়ার ৱার শন্দোকনি।
ফিলোসোফরনা লৈবাক ঙাকলনি,
খুৎতা বোম তোপ পাইরনি,
লৈবাক শান্তি থমলনি।
রাজনিতি ৱালানা ওজা ওইরনি,
ছাত্রদা রাজনিতি তম্বীনি,
লৈবাক ঈংনা পাল্লনি।
ইঞ্জিনীয়ারনা ডাক্তর ওইরনি
মতিক চানা লায়েংনি,
কনাগী এইদস কনাগী কেনসর
মরু ফংনা মুখৎনি।
ওজা নিল ফিলোসোফর
গুরু কান্ত গৈনোলোজিস
ডাক্তর বাবু মাইথোলোজিস
ডাক্তর মনি ইঞ্জিনিয়ার

পুন্নমক একাদমী এবার্ড লাওথোকনি,
মীয়াম পুন্না ওকলনি
ম্নিংচংনা ঐগী লুপানা মথোয়গী
মথং চহিগী এবার্ড, মম্নিং লৌজগে
লুপানা থাগৎপীবৈ কৎচগে,
এবার্ড লৌত্রিঙৈ নোক্লরম্মী
হয়েংদি মীয়াম মীফমদা,
ঐবু লেম্না ফমহল্লু
লুপানা য়োমহুনা পুরকপা
পৈশানা শেমহুনা লৌরকপা
ফিলোসোফর, মাইথোলোজিস গৈনোলোজিস
লৈবাক প্রজা শকখঙনৌ অচৌ অশাংমক্তা তিম্নৌ
কনাগী অঙাং, কনাগী অহল, মতম মতমগী গ্লাস ওইয়ু
চা, শঙ্গোম, হৈ-মহি, কনাগী সেকমাই অক্লবী
কনাগী অঙাংবী, পুন্নমক চপ মান্নহনগদবনি।
লুপানা ওমদবা লৈতরে, পৈশা মগুণ ব্রাংখৎলে
ঙরাংত ওইখিবা, ওফিসার, ঙসিদি দলাল মথোল মথোল,
নং মিংচং লৈয়ু, লুপা য়োমহুনা
রাজনিতিব্রালাদগী হেন্না শিংউ, পঙগনু
পীবীগনি নংগীদমক শোইদনা উপাধি;
ঐখোয় লৈবাক, ঐখোয়গী খুৎতা
সাহিত্যকার মালহল্লু থর ইয়ু থর ঙাংউ
লুপা পৈশা কৎলু, ওফিস মতমদা লাকনু
নুমিদাং থোং লোল্লগা থবক শুই, অঙাংবী, গান্ধী য়েকপী লোইনরকউ
নম্বর ব্রাংনা ব্রাংনা পীনি, অঙাংবীদা লেপ্পনি, মতুদৈ থাক
কনট্রোলরনা কনট্রোল তৌরনি, ডিরেক্তরনা ডাইরেক তৌরনি
তিনশিনবদা লাল্লবসু, পুরিবদা চুমহনগনি,
চহি খুদিং থোকলিবা ব্রাথোক ননা তাত্রা থবর পাত্রা ?

শাবী লাউ লাউ/৪৬

ঐখোয় লৈবাক মুন্না খল্লু, খস্থরুরবদি য়াদবা লৈতে।
পুন্নমক মতৌ মান্নবা হোংনৌ
মথং চহিদা ব্রজদগী, মনি মতুম পুথোককে
এবার্ডকা লুপাগা শিন্নগে; নখোয় য়েংউ অঙম ঙমদা,
মতমগী অনৌবা চাংয়েংনি, পিবা ফমনি মতম খন্নদি,
হৈবা হৈতবা মীং থকহল্লু, অর্থগী ঙাক নত্তে
মথং চহিগী বেস্ত নংগী, কংলুরাও অথেনপোং
চহি খরসিদা ঐখোয় লৈবাক্কী থৌদোকনি।
১৯/৯/৯৩



## থিরি

নোংঙানগদবা ৱানা খাংই,
ঙানহনীংই অহিংতুমা য়াম্না থুনা
তাগদবা, ময়াম খল্লুবদা লৈবাকসিগী
মমতুনা অতুম লৈহনীংই অহিংতুমা
শিগনি খল্লুবদা হিংনিংই, ৱাগনি নিংশিংলুবদা হিংনিংদে
পোকল্লুরবনিনা হিংদবদি য়াদে, চলাক হৈবা তাই,
থোক্কদবা থোদোক ৱাথোক, অমুক্তুংদি চুমথোকনিংই
মাম্নদবা মীয়ামগী ৱাখল, খল্লুবদা অমুক হিংনিংদে
অশিংবা শাবা মতমনি, অখঙবা মানবা যুগসিগী
অহৈবা ওজা ময়ামসিগী ফল তাত্রবা অঙ্কশিং
খাইদোকপদা ৱাংলত্রা, তিনশিনবদা হেল্লত্রা ?
পুরিবদা হৈত্রবরা ? শিন্দুনা পাস ওইরকপৈ,
খল্লুবদা অমুক হিংনিংদে, হিংদবদি য়াদে,
মফম কদাইদনো, অচুম্বা, লমদম কৈদনো অশেংবা,
করম্বা মফমদা, করম্বা ওফিসতা অশেংবা চৎনরিবা,
থিরি থিখিগনি; পুন্সিনা হিংলিমখৈ
ফংবদি শোইদনা মফংনি, করমনি চুমথোকনি।
১১/৭/৯২



বনাল

লমদমসিগি অথংবা কনানো?
কনানো লৈবাকসীগী অশীংবা ?
অরেম্বা শাও, মতৌ মাননা চত্লু
খঙদনা অথং সারুমু ইনিংবা ইবা মতমনি
ঙাঙনিংবা ঙাংবা মহৌসানি।
মথল মথেল পনদিংশিঙনি
অখঙ অহৈসিংগি মতমনি
ঙাংনিংবা লোল কয়ানি, ইনিংবা বানান মনীংণী
গনভনত্রগী লৈবাকনি ঙসিদি
অথংব পনদিত কয়ানি
ওজা মশিং য়ামবনি
গুরু মগুণ লৈবনি
মাঙচত উরোঙ য়োনবনি
লুপা পৈশাই শকতিনি।
অচুম-চুমদ লনাই ৱারেবনি
ঐখোয় খরৈ য়াথংনি, মখোই খরগী মচতনি
বনালগী ৱাথোক থাদোকনৈ
লুপা পৈসানা মেনবনি, ঐসু ঐগী ওখোরিতিনি
অথং অহৈ য়ারনি, লনাই-লনায় মনিংনি
য়েৎলুরবসু শাউবনি, হংলুরসু খুমদবনি
অন্তকপা লৈবাকনি, পনদিত ঙাক্তনি
লনাই-লনায় ইস্কুলনি
অপুনবা মশক লেপনবা
থম্মোই চাওবা মতমনি
মাংখিগদোবা ঐখোয়গী ইরোল
কনবা মতম য়ৌদ্রিব্রা?
১৮/৮/৯৪



## ১৯৯৫

লোইখিদোবা পাম্মইদা,
মীনা শেম্বা মনিপুর,
লোইদবদি খক য়ারোই,
থিংলুবমু খক ঙমলোই।
থা কয়া হৌরবা ১৯৯৫ না,
ঐবুমু অহল ওইহল্লম্মী।
খঙদে খরদি পুথোক্লম্মী,
অৱাবা ভেংথাখোল নিল্লম্মী।
মরাল লৈরবশিংনা নিঙাইদনা,
খঙদ মীওই কয়া কয়াদি,
হাৎনৈ, ঙাঙনৈ, অমগা অমগা,
শোন্নৈ মঙাংনৈ ভেংথাখোল।
লাম্মীনা লৈবাক শাসন পুরে,
অথাকপা সবমগী অয়োকপা শাশিংনা,
ইকাইবা নাইদ্রবা মখা লাওবা
পীজরিমখৈ পেন্নাইদবা যুগসিদা।
পৃথিবীদা লান থোক্লদ্রবা,
অনৌবা খুৎলাই অনৌবা চাংয়েংদা,
সহরগী ময়োন্দা মীয়াম তিনবদা,
পজেং ফিল্লাল লৌননবা,
মরু অমনা অশিবা অনিগী,
বীর চক্র অশোক মেদন,
অচুম্বে অৱাবা, অরানবৈ মনা।
কদাইদনো ?
কনাগী ৱায়েন, ইন্দিয়াগী কোর্ট
লুপানা মমাই চুম্বা
অশেংবা তৌবা মতমসি জজ
ঐখোয়গী লৈবাক সিফাইগী সাসন
২৯/১২/৯৫



## অমর নত্তে

অমর নত্তে, মীওইবা,
সাইন্সনা থরাই শিনবা ঙমদে।
কদাইনো চাওখৎলিবা ঙসিবু,
খেৎনবদি ময়েক শেংলে,
য়েক্লবা তূম্না মাঙহনবা,
মৈহোৌরোন্দগী চৎনরকই।
ঙসিদি য়েক্লবা মাঙহনদে,
য়োক্লুনা থেন্দুনা থমনৈ,
পুম্নমক্কী খুদোংচাবা লৌনবনি।
অফবা ঐনা মতৌবা,
ফত্তবনা য়েক্লবগী চাকথুংফম,
যুগসি খুন্নাইনি খুন্নাই
খ্বাইদগী ফত্তবা অনৌবা,
মত্তং শীত্লনা য়োকখৎকনি।
য়েক্ল মশিং য়ামলিমথৈ,
মতম শাংনা নুংঙাইনি।
মাঙনবসু শীনগনি অশিংবনা,
হিংলিমথৈ নুংঙাইনবা,
কনাগী মিংচং অরেম্বনি,
পামলিবদি নুংঙাইবনি,
অরাবসু পামজদে, মতমসিদা,
অশিংবা য়োংগী তলয়েন
ঐনা রায়েল কাতিনি।
২/৪/৯০

ঃঃ ঃঃ ঃঃ

## নুংশিবা

লৈনরবদি থম্মোইদগী থোরকপা অশেংবা প্রেম
চাওখৎপা ঙম্মী সংসারদা, অৱা অনা থোকলোই তাইবংদা
অৱা খুদোংথিবদা তেংবাংনৈ অমগ অমগা,
নুংশিবনা কোক চাওহল্লী কনাগুম্বগী, পীকহল্লি কনাগুম্বগী।
য়েংবীয়ু মহাক্কী পাঙ্গল, শিবা ঙমহল্লী নুংশিবগীদমক
মাংহনবা ঙম্মী মীওইবগী থৱাই, খঙউ শাবী শানৌশা।
ফত্তরবা লাইনানি নুংশিবা হায়বসে, খঙলোই মতুবু কনানা,
নুংশিগী লৌবুক্তা কুমদ্রিবা, চংউরবদি অমুক্তং শোইদনা,
হন্দোকনিংগনি মপান্দা।
তারুরবদি অমুক্তং নুংশিগী ঈপাক্তা
ইরাকনগনি মপান নাইদ্রবা ইরোনুংদগী
কাখৎনিংলক্কনি ব্রহ্মাচারী ওইডুনা কংফান্দা,
খুদোংথিবনি চংলুরবদি, থবক চিনবনি নুংশিবৈ ৱাখলদা
চংলুগনু কনাগুম্বনা মপান নাইদ্রবা নুংশি ঈপাক্তা
হিবু হোল্লগে খন্দুনা, থিংবদি ঙমদে কনানা, নুংশিগী ঈচেল,
কনাগুম্বনা নুংশিরুরবসু ওইখিবা ঙম্মী ব্রহ্মাচারী,
ওইসি ঐখোয়সু অমুক্তং ব্রহ্মাচারী, য়েংশি ঐখোয় পুন্নমক
অনৌবা মীওইবগী অনৌবা সমাজ অমা,
কল্লক য়েংথিনবা মীওই সমাজগী
খোঞ্জেল ৱাংনা লাওসি ঐখোয় 'পুম্বা
জয় ব্রহ্মাচারী জয় ব্রহ্মাচারীগী জয়
লিংখৎশি অনৌবা মীওইবগী অওনবা সমাজ
মহৈ য়ানহনসি, অনৌবা মপোক অমা।

১৯/৫/৬১



শাবী লাউ লাউ/৫২

## হি-হোনবা

অতিয়া শিনথ্রে ফুইনা হৌরকপা অমুবা নোংনা,
লাক্লগনি খুদোংথিবা নোং মুংশিং,
মাংহল্লরগনি ঐগী হিনাও,
অদুবু। হি হোনবা লেপ্তুনা লৈরগদ্রা তোর্ব্বান্দা
হুঁ হুঁ লাওবা খোপ্লেলগা লোইননা
কুপ্পবন অমদি উমং-রামং
নিল্লরগনি অকিবা হা-হা-কার খোপ্লেল
অরাবা কয়া লাক্লরগনি, তেকলরনি কায়রগনি হিনাওসে
ঈশিংগী শাফুনা য়ৈরবদা, হিনাওসে নিক্লরগনি থোক থোক
অদুবু পুন্দনা থমলগদ্রা হিসে তোর্ব্বান্দ?
নোং-মুংশিং লাকদবা উরগা, পন্দুনা থম্লগদ্রা হিসে তোর্ব্বান্দা?
পাইথোকপ্রগনি মচেং মচেং পালসে
পাক চাওরবা অতিয়াদা, তারকলগনি কায়দুনা মাস্তুল কোক'থক্লা,
মিকুপ অমগী মনুংদা চেংথ্রগনি পুন্নমক অসে ইথক ইরৈনা,
কল্লবা, ঈচেন্দ তোঙান তোঙান্না, নাম্থোকপ্রগনি নৌ'সে খুৎতগী,
অদুবু থরাই হিংনবগীদমক, ইরোইদুনা লমথুংফম য়োবা ঙমগদ্রা?
মপান নাইত্রবা সমদ্রু'সে
অদুবু—। নোং-মুংশিং লাকপা উরগা চেনগদ্রা মাই লৈদুনা?
ঙসি অতুৎপা লৈতনা ঈথক হৌরকলি,
পুন্নমকসে উরগা, খুদোংথিবা তারগা চেনগদ্রা?
মাই ওন্দুনা হিহোনবা চেল্লোই।
৫/৭/৬১



১৯৬৪ গী মেগাজিন্দা হাপথ্রবা

শাবী লাউ লাউ/৫৩

## শগোলবন্দগী নোঙ্গৌবী অমসুং কোকিল

ও! শগোলবন্দগী নোঙ্গৌবী।
মতম কুইনা তাখিদ্রে নংগী খোঞ্জেল
পাইগ্রগে নিংলবরা শাওদুনা
নখরাই শিগনি ঈশিং ফংদে কিন্দুনা,
নপিঙ্গা ৱারক লৈতে উদুনা, তুহৎপীগনি খন্দুনা কাক্ল,
লোৎপা য়াররোইনে হৌজিক্তি, নোংম তাহোরে নংগী খোঞ্জেল
কৌদুনা খোংবদো ঈশিং খৌরাংলে, নোংম খোংথি নখৌপোংনা
শগোলবন্দগী পুংলবা ৱাশা'রক্তা, তারকত্রে হায়দুনা মুংশি ঈশিং
নংগী মুংশিরবা খোঞ্জেল তাগদবগী, অনৌবা নোংগী মপাওখোল,
নাকোং থাংগৎলে লৌ-উব কয়া কয়াগী,
পাইরকলো মৈতৈ ৱারক্তা ছাল্লগুম্মা
তাহল্লরো লাংতক্নরবা লৌউবশিংদো।
ৱারক নোঙ্গৌবী খোঞ্জেল তাদ্রিবা,
তাজনিংবনা খোইরাংনা ঙাইজরিবা,
সপ্তম স্বরনা খোংদুনা তাহল্লরো, চৎতনবা তুরেন্দা ঈশিং শিংপা
শগাইদোং ৱাশা থাদোক্লুনা, চাক্তাফম ৱাখোং হুন্দোক্লুনা,
করিগীনো কাক্কি খায়াৎ পামজুরিবা,
চাথোকখিগনিনে মচেৎ-মচেৎ শেগাইদুনা মীমুংশি য়াওদনা।
নোঙ্গৌবী অমা খোংখি,
কুইনগী মমাংদা থুঙ্গংগী ৱানা পুংলবা ৱারক্তা
ঈংহন্দুনা থম্মখি লাংতক্নরবা পুক্নিং লৌউবশিংগী,
কোকহল্লখি অৱাবা মিরবা খোঞ্জেলনা
উশা-ৱাশা খুদিংদা মৈত্রবাক্তী, চেক্লা লিশিং লিশিংনা তোংদুনা
খোংলি পুক্নিং শুক্সৎপা খোঞ্জেলনা,
পুক্নিং লাংতক্নহল্লি মী লাক্ষ লাক্ষকি,
মৈতৈ হৈকোল লৈকোল মনা পুংবা,
তারমদবনি কোকিলগী মিরবা খোঞ্জেল

অদুবু—। পাইরকলমালে, মৈতৈ কোকিল উৎঙদা,
খংদুনা প্রকৃতিগী ফজবা হৈ, লৈ, খোৱাংনা ঙাইরম্বা মৈতৈ কবিশিং
লাংতক্নরম্বা, তাদ্রেকো হায়দুনা কোকিল খোঙ্গেল,
ঙসিদি ফংলগনি মিরবা কোকিল খোঙ্গেল,
পুক্নিং শুঙ্খংলগনি মৈতৈ কবিশিংগী,
ইবা ঙমহলগনি ফজবা বারেং শৈরেং কয়া
কোকিল লৈরমদবনা মৈতৈ হৈকোল লৈকোন্দা,
চোংলম্বনি হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা, তোমাল মশা কংশিল্লবনি অরেম্বদা
চুপ্পীররোই তোংবীররোই হায়দুনা কোকিলনা,
অদুবু।—
কোকিল খোঙ্গেল তারদুনা; চোংলক্লে হৈনৌ ময়োল
চোংখৎলক্লে তোমাল মশা, মাইকৈ শল্লা।
থোৗগল তৌরগনি খন্দুনা কোকিলনা,
চুপলরগনি মৈতৈ হৈকোল, লৈকোলগী,
অনৌবা, ময়োল, মপাল, নমলরগনি মৈতৈ লৈকোলগী লৈনম,
খোন্থাং হেল্লগনি কোকিলগী, পুক্নিং হুহল্লগনি মৈতৈগী
মেনশিল্লম্বা নাকোংসে নহারোলশিংগী,
তাদ্রে হায়দুনা কোকিল খোঙ্গেল
হোৎতোক্লগে নাকোংসে তরেং য়োৎনা
ফোৎচিল্লম্বদো মীৎসে য়েৎতুম্না, ফাংতোকলগে মীৎসে কাটিনা,
কুহু-কুহু হায়না খোংবা কোকিলগী খোঙ্গেল
তারগে থবাই পেম্না কোকিল খোঙ্গেল
য়েংলগে মীৎ থম্না, শক্তম কোকিলগী।
১০/৬/৬২



১৯৬৪ গী মেগাজিন্দা হাপখ্রবা

শাবী লাউ লাউ/৫৫

## চৌক্রি হুমফু

উদগী চাওবা খোংনাংনি
মনা পুঙবা হৈনৌনি,
নেমদগী নেম্বা তোমালনি,
পীকতগী পীকপা পিশক্লি।
মীদগী চাওবা মস্ত্রিনি,
পৈশা পায়বা মখোয়নি
লাইদগী লাইবদি লাইরবনি
তোনদগী তোনবদি প্রজানি।
মাইকৈ মরিনি; শুংদাই নিপালনি,
নিপাল অনিদি তরাতরুকনি।
পুরীবদা লানত্রবা; তিনশিনবদা শোয়দ্রবা
চুম্মী, চুম্মী হায়নরবা,
অরানবা অমা য়াওদ্রবা।
পীনী পীনী মহায়নবা,
পীবদি ইপী পীবীদবা,
পীরকপদা মরি ৱাৎলবা,
লৌরকপদা, শুরে মখন্নবা,
চুম্নবা, ককনিংঙাই য়াওদ্রবা
তাইনরুনী ঙসিদি কনাদা
অফবতা পাংথোকনি ভাবদা
তোনবদগী তোল্লবা প্রজাদা
পঙবদগী পঙবা ঐখোয়দা
অৱাৎপা মরিফাওবা মীনম্বা
মীনম্বগী চৌক্রি হুমফু
পাউজেনবগী চৌক্রি অনি
পাউরুম্বগী চৌক্রি অমা

শাবী লাউ লাউ/৫৬

হন্না হন্না তিনশিন্দুনম্নু
অহুম হেনবা মতারবা
অহেনবা অহুম লৈবনা
য়েন্নবা ৱাবা ওইরিনি
পাউজেনবা অনিম্নু লৌথোকউ
পাউরুম্বা অমম্নু য়াওহল্লুন্নু
চৌক্রি হুমফু অশেংবা
মতমতুদা লাক্কনি
অশেংবগী অশেংবা মহাওদোঃ
পাউজেনবনা লান্না পাউদমলুনি
পাউরুম্বনা শোইন পাউতাকলুনি
মান্নদবা পাউথুমদা
মান্নদবা মীয়েং লাক্কনি
ঐখোয়গী শঙ্গাই অমনবা,
মল্ল মল্লা লৈন্নুংশি,
লৈমা কনানা হন্না য়েংবীররোই।
১/৬/৯৫



শাবী লাউ লাউ/৫৭

## সাহিত্য

সাহিত্যনা জাতিগী মীংশেলনি,
পোকলুবনা লমদমসিদা ঐখোয়,
অতাবা খরা, অখণ্ডবা খজিক
খোংচিঙ্গবনি ইজাতিগী ইতিহাস।
মতম মতমগী থৌদোক ৱাথোক,
জাতিতুগী চৎন লোনচৎ
ওইমাল্লে মতু জাতিগী ইতিহাস।
থম্মোইদা ফাওরকপা, ইশাদা পাল্লকপা,
মীয়াম্না ঙাংনবা, ঐখোয়না তাখিবা
ওইগনি খল্লি, মতমসিগী ইতিহাস
অশেং শেংদ, অচুম চুমদা,
খন্নজসনু থমফম থোকপগী থম্বনি
মান্নবা থৌদোকশিং, য়াওরম্বসু য়াই
মান্নবগী ৱানি, অচুম চুমদদি নৈনসনু
লেপলসনু ঙসিগী মীয়াম্না তুংগী মীরোলগীদমক
লৈহৌরসনু মতম মতমতুগী ওইনা,
মতুস্ত ওইগনি খল্লি, সাহিত্যগী মচাক
উৎসবকী শুকতানি মথেল অমনি।
শিংথানদে শিংথানদে শুকতানি,
চৎনবীনি মহাওগী ঙাক নত্তে;
লাম্লোকচরি অচম্বা মথেল চমফুৎ,
মহাওগী ঙাক নত্তে; মথেল অমনি
লাংজবা মথেল চহি খরদগী
তংতুনদি য়েংবীয়ু, অয়াকপা অশিনবা
পাউদমনি পাউদম থৌদোক ৱাথোক্কী
য়াওরবস্তু মান্নবা শকলোন

শাবী লাউ লাউ/৫৮

খুনাইতুগী মমিনি মনি
অইবগী ভাবকী মংলান ফুরানি ফুরা
পুন্নমক কনাগা নক্লদে শমুদে,
মরি িংদবা মরি য়াওদ টি, ভিং
মশক উদ মথালত ভাবা রেডিও
ফম মতম লৈতবা রাইয়রলেস
কাউবিদবা কৈ, মতমগী ঈরোল্লুংদগী
তমজবনি মপৌ ওইবা মপাওদো।
মীয়াম্মা লেপ্পীয়ু অচুম চুমদা,
অচুম্বস্থ ওইসনু অরানবদি নৎচদে,
মভগী মপাওনি মপাও।
৬/১/৯৫

※ ※ ※

## পিষ্টোল

অঙাং শঙ্গু অমা
হূই চানি লাকই
অঙাং কাংলুপ অমা
য়েন চানি থিরকই
মতমগী চৎনবী ওইরমাল্লে
নহা কাংবু অমা
মুপী চানি থিরকই
নহারোল কাংবু অমা
নোংমৈ চানি থিরকই
থানা কাংবু অমা
জিপ কন্না থোরকই।
পিষ্টোল পীয়ু হায়
ঐগী পিষ্টোল তরুক থম্মী
য়াম্না পাম্মুনা থমজবনি
মচা অচৌবা ময়াই
লুনাগী পিষ্টোল
স্কুটরগী পিষ্টোল
জীপকী পিষ্টোল
টাটাগী পিষ্টোল
ঐবু শাখিনা ফুরম্মী
জীপ কন্না থোখি
ঐ হোসপিটালদা লোৎলি।
২/২/৯৪



শাবী লাউ লাউ/৬০

**খুম্বনিংদ**

পুকফবা মৈতৈনি মনিপুর
মীনুংশি চাউবনি কংলৈপাক
ঙাকপিহৈবীনি মালেমসে
হুরাওজে পোকচবদা লমদমসিদা।
মকা লামজৈ কনা খঙদ-উদন
শীন্থরি খরনা ঙসিদি
পুকফবা মৈতৈগী মরক্তা
তারগদবা অবাবা মথং মথং
মতমচুদা কনানা কদাইদগী
তিংবিরগনি পান্থোম মৈতৈগীদমক।
থোক্লগদবা ৱাথোক কয়াশিং
খঙনা উনা তানা মচৎনরি
মিকুপকী নুংঙাইবা মিকুপ্তা
মতমচুদা নংদি য়াওরোইদ্রা ?
জপানগী এটোম বোমদগী
নাম্থোক্লুনা কনা চৎখিবা
ঐতগী ওইগদ্রা নংদি থুংলোইদ্রা ?
খন্থবা মতম ওইদ্রিব্রা ?
১৩/৪/৯৫



## ঐখোয়দি

মীথা পোনবগী অৱাবা
জাতিসিগী মফম কয়াদা
লাউরি নোংম কাংদা
পুরকলি চিন্নাইদা মালংনা
ইনাকখুনবগী শুপনম শাসন্দা
মফমনাইবা কয়াগী নুংঙাইবা মমিদা
হরাওজরি চমজবা মীচম কয়া
তেংথারি কনা উহনদা
পাঙজদ্রবা খুন্নাইসিগীদমক অচিকপদা
কপ্লি হিক্ক-হিক্কা থম্মোইনুংদা
কান্নদে পাঙথোকলুবৈ ১৫ শুবা আগষ্ট
দিল্লিগী শাসন মখাদা ঐখোয়
মীয়ামগী পামজবা মিনিষ্টর
হিমাই চুম্বা লমদমসিগী হৈপাশাবা
মসিবু কৌরগদ্রা ? নিংতম্বা নুংঙাইবা
ঙরাংত শেমখিবা মীয়ামগী মীহুৎ
ঐখোয়না ৱানা খনজবা
মতুনা কদোমদা থৈগ্রবা
নুংঙাইবগী অর্থ কদাইনো
নিংতম্বগী খুদমবু অসিরা ?
অপঙবা ঐখোয়দি হায়ঙমলোই
ঐখোয় নীংতমলে নুংঙাইরে
মালেমসে মীকপখোলতনা নিল্লরে
কদাইদনো নুংঙাইবা কদোমদনো।
১/১/৯৫



## কমদৌনা কনানা

ফংঙ্গ্রে হায়বস্থ তারকই
পুঙ্গ্রে হায়নস্থ তমলকই
কনা
পুখিবা
কনাদা
পীখিবা
কনা হায়রকপা
হায়রকপদো পুরকউ
অপীবনা পীরকতে
অপুবনা পুরকতে
খণ্ডদবনা হায়নবনি
মরমদি
মীগী মীপাউনি
পুন্না পুমিন্নসি
পুন্না লৌমীন্নরুসি।
১/৩/৯৫

* * *

## কংলা ৱাথোক

কংলা ৱাথোক তেনশিলনি
অশাও পুম্বা নেমশিলনি
থাজ খর তেমশিলনি
কুমজা খর নমশিলনি।
অশাও পুম্বা কাউথোকলসি
হৌনা খোংনা চাকলম্বা
মৈরীক্না মৈজাও ওনগদবদা
গঙ্গা ঈশিং খিকলরি
কংলা ৱাথোক নেমথরনি
ওইবা ওইদ থওইদ
অচুম চুমদ কোন্ননি
মীকুপ খর মুখৎপনি
মতম খর নমথাকনি।
২/৬/৯৫

* * *

শাবী লাউ লাউ/৬৪




অর্থ থোক্লিব্রা ?
য়ু থকপা তোইনা ফাই, য়ু শুংবা লোন্ পী
য়ু ফিলম কয়া থিংই, এ ফিলম লোন পী
ময়েক শেংনা উৎনৈ
টি, ভি গী এডভরটাইজমেন্টতা
মশক ফজবী চংখোনবীশিংগী
ফি থোংব্রবা হকচাংগী শরুক্তা
ইরুজবগী অরোনবা ফিজংদা
সরকারনা ফোংনা পৈশা তাল্লি
কন্যাগী শাপোন কনাগী শারি
মচিন মনাও মমা মচা
ফমিন্নবা য়াদবমখৈ উৎলি
ফি থোংব্রবা হকচাংগী
অনৌ অনৌবা শকুম
ফিলমদা হিরো হিরোইনগী
খম থেংলবা ফিজং মরুম উৎলি
ঙসিমক য়েংবীয়ু টি, ভি দা
সরকারনা তোইনা লাউরি
অনি নম্রগা অহুম্না ওকলসি
অনৌবা চাওখৎ খৌরাংনি
অর্থ থোকলিব্রা ?
ঐদি খঙদে মীনা ঙাংনবনি।
২/২/৯৫

* * *

## শৈরেং ইবা লোইজদ্রি

লৈবাক ইরাং থোকলিমখৈ,
মন্ত্রিনা শেল চারিমখৈ,
ওজানা পরিক্ষাদা তাকলিমখৈ
ছাত্রনা পরিক্ষাদা শিল্লিমখৈ,
সিফাইনা মী হাৎলিমখৈ
ওফিসতা করপসন লৈরিমখৈ
পরিক্ষাদ বিদহেন্ড লৈরিমখৈ
সরকারনা অরানবা ঙাংলিমখৈ
ডাক্তরনা করপসন তৌরিমখৈ;
ইঞ্জিনিয়ার ঠিকাদার মান্নরিমখৈ
পুলিসনা পৈশা চারিমখৈ
রাজনিটিৱালানা ইকাইবা খণ্ডদ্রিমখৈ
বজারদা মীয়াম তিল্লিমখৈ
নুপীনা খোঙগ্রাও শেৎলিমখৈ
নুপা মশম থাকলিমখৈ
মীনা অরেম্বা পামলিমখৈ
চাননবা পোৎনা তাংলিমখৈ
লৌমীনা লৌ উরিমখৈ
শিনমীনা থবক শুরিমখৈ
শেলজাও পায়বনা য়ামলিমখৈ,
লাইরবা মশিংনা হেল্লিমখৈ
ওফিসার মশেল মান্নরিমখৈ
মচা মশেল মান্নদ্রিমখৈ
অরানবনা অচুম্বা শারিমখৈ
ঐ মালেমদা হিংলিমখৈ
ঐ শৈরেং ইবা লোইজদ্রি।
১/১/৯৬



লোইরবা

শাম্নব্রবা লীলাশিং ঃ

১— য়েক মুংশিনবা ১৯৬৩

২— বসন্ত রানী ১৯৬৪

৩— পৈশাগী ছমিরা ১৯৬৬

৪— স্বর্গগী গুলাপ ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৬

৫— অহিংহ্গী পাউথুম ( সেকেণ্ড বেষ্ট স্ক্রীপ ) ১৯৮৬

৬— বানতেট ( ফেমিলি প্লে ) ১৯৮৬

৭— শকমাম্নবী ১৯৮৬

৮— চৌংগী ঈচল ( বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৭

৯— তমগী ইবু ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৭

১০— ওয়াংথাগী লৈবাকলৈ ১৯৮৭

১১— থবাইগী জেথাখোল ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৯

১২— কৈদৌঙৈ লাকনি তাযোমা ( বেষ্ট লিখিক ) ১৯৮৯

১৩— পীরাংলক্তা মোমোন ১৯৯০

১৪— ইজ্জৎ ১৯৯০

১৫— মুপীগী ইজ্জৎ ১৯৯২

১৬— তামোচা ১৯৯৩

১৭— বানতেট ( এ সোসিয়েল প্লে ) ১৯৯৪

১৮— বাকচৌংগী নোং ১৯৯৪

১৯— ঙসিগী মনিপুর ( অহানবা শরুক ) ১৯৯৫

২০— য়োংকী থুজি ( অহানবা শরুক ) ১৯৯৫

২১— তোর্বান বাংমা ১৯৯৬



* * *

## শশীকুমারগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

### ড্রামা

১— চৌংগী ঈচল। ১৯৯০
২— কৈদৌঙে লাক্কনি তামোচা। ১৯৯২
৩— জজ সাহেব ১৯৯৫
৪— ঙসিগী মনিপুর ( অহানবা শরুক ) ১৯৯৫
৫— য়োংকৌ খুজি ( অহানবা শরুক ) ১৯৯৫
৬— ঙসিগী মনিপুর ( অনিশুবা শরুক ) ১৯৯৫
৭— মৈরীলক্লগী মৈজাও ১৯৯৬

### উপন্যাস

১— মেরী ১৯৭৫
২— অমুক্তা উম্নসি ১৯৭৬

### শৈরেং

১— ইম্ফাল সহর ১৯৭৫

* * *